সাহিত্য একাদেমী মনা কণ্ডলবা

# পাচা

লম অসিদা ঐবু খং-অমত্তংদা থোরকপা কৈ ॥



এল, পাচা মীতৈ —১৯৭৪

# পাচা

লম অসিদা ঐবু খংব
অমতংদি খোরকপা কৈ।।
( ১৯৭৫ )

পালস পাব্লিকেশন
ইম্ফাল।

পাচা

হয়াদ বেগম

মা তাবীবা অহল অমা

হজ্জ

ঈম্ফাল অমসুং মাগী
ঈপীং-মুংলাংকী কীবম

অনৌবা পাও অমা



পাসম পাব্লিকেশন, ঈম্ফালনা থনেশ্বরী প্রেসতা নমহুনা থহানবা
ওইনা কোংবা (১৯৭৫),
অমমক পাচা (১৯৭৫) মশীং ১০০০, মমল ২'৭৫ ।

## কৎচবা

অপোকপনা থুপখিবে, কনা লৈত্রবা ঐগী মমি-শামিজবে পিদোনলবা পুন্সিবু, লমজীং-থুজেং পায়বী, থোংথাং কৈদ শোয়খিনী, চেকশন নাওকোনবীরিবা ঈয়াশ্বা ঈবুংঙো লোই-তোংবম রূপকুমার (গৌরমনী) ঈপা শকপগী মফমদা তোন্দ তোমে থজরকবে পিদোজরবা ননাও ঐনা কৎচৈ লৈত-থুদোল-সিমতং।

অঙৈবা

পাচা

২০।৮।৭৫

ঈম্ফাল।

লম অসিদা ঐবু খংবা অমতংদি
থোরকপা কৈ।

মারচ - ১০

অৱাবা, অমুক ঈকায়বা, খুদীংমক্না লৈতাফন্দ্রবা থমোঈ, মহাক্কী থোল্লবী ঈপোমগী মথক ঈপোম ঈপোম-তাওথক্কী ওইবা থাবুম পুংবানা লন ওইবী মথাদা কোন্দুনা থাংহল্লী ঙসী।

কণ্ডলবা, লৈহাও চেল্লৱা ঈচীন চীনবান, মাগী থোৎলবী চীনবানগী চীনচুপ কয়ানা পোংথাহল্লী ঙসী।

থমোঈ :—থাপ্লবা লমদমদগী ঙসী, লাকলি,
মেঙনীংবনা থাংঙমদনা।
চেৎশনবীয়ু. অদুম, নংগী মুঙশি খুৎকোন।

মারচ—১১

পোংথাকম থংগ্রে ঈকায়বনা। (ঈকায়বগী মরম। অতোপ্পনী) ঙসীগী অহীং। অহীংসে থেংলে, অমুক চীক্লে। চীনচুপ, অদুদগী চীনচুপ—মশীং থীওমম্রৱ। মুঙশিবগী শকম কয়াগী তাইবংদা হোৎন-গ্রগে হোৎনৈ অহীংসি—মা-ঐ পুম। অহীং। চৎগ্রোকো:

মারচ—২৫

পুন্সীবু চেৎনা কোজক্রনা, য়াম্না চেৎনা কোজদুনা ৱাশক অমতং শকে থনখিবদু কুইথরে। ৱাশক॥ মদুনা করি পীগ-দৌরিবা? মদুদী থংজবা নত্তে ঐ। মুপ্পগী ৱাশক অমা শকনী হায়বসিত্তনী ঐনা খল্লুরিবা।

অত্তবু অতিয়ানা মঙাল অহুম শামলকৈ, মহুম শামলকৈ, পুন্সীগী মঙালস্থ শামখিৗ অতিয়াগী অমম্বা মরমচৎ অদুগা চীক্ল-চান্ন তিনগ্রবসিদদি, ব্বাশক শক্লমগদৌরিত্রা ? শক্লম্রোইনৌবিত্রা—? মদুস্থ কাওখরে। ব্বাশক।। থাদোক্লো ঐবু।

মারচ—২৬

হীঙনবগীদমক—।। মান্নী। পুন্সীগী থৌগনদু ঙমজনবগীদমক মুপী ওইবী মানা অশ্লক চাওবা শীংনবগী থৌদাঙ অসি পাংথোক-লিবনী। (মহাক কুচু ভৌবী হায়বদুনী) কুচু ভৌবীসিনা মপু-রোইবগী পুন্সীগীদমক, মচাগী পুন্সীগীদমক, মশাগী পুন্সীগীদমক তাইবংগীদমক, মালেম পৃথিবীগীদমক অতিয়াগীদমক, ঈশীং-মুঙশীং-কীদমক (ও।) ময়াই অসি য়েন্দুনা শেন্দোঙ তান্নী। অতিয়াগী, মালেমগী ঐগী—(ও।)

মৈচাক অদু ঐনা ফঙলিবসিরা? নীংঙমদবা অসিরা? কা হেন্না মুঙশিকবনা, মুঙশিবগী চাঙনা হকমনখিবনা, নোঙম-নোঙমগী পেন্দবতা ফঙলে ঐ।

মারচ—২৭

মসিদী.... .... .... .... ... |

কুইরে, কুইরে মহাকী কাওঙমগ্রবা অচেনবা ঈনা হন্নবী হকচাং কয়াৎ, কায়াৎকী শাহুম, শাক্লু, মনম হকচাংসিদা পক্লবা, কুইরে। মা-ঐগী লমচৎ অসিদি তাইবং মপুনা কন্নিনী হান্ননা খনবীরমগনী? ভোকউ মরুপ: ঐবু অমুক ঙাকপীরমু। (মরূপ হান্নবদী - মাগী পুন্সীগী মপুদুবুনী)

<u>মারচ – ২৮</u>

সিমতং হায়রু, মহুদি - “নং ঈরালনা য়োম্নবা ভম্নরাইদ্রনী !” কনাস্থ হায়দে। হায়বীনবদ্র লৈতে। ( ই। করিগুম্বদা মীওইবনা অথীবা মিঙথোল অমা ঈখৌলাঙনা পামলকপস্থ য়াওই। করিগুম্বা মতমদা )

খেন্নবা : পুন্সীগী থোগন ফঙনবা, মহাক্র অস্তুম্ন থৌরাং কয়াসি লাংলী। ঐনা, শেম শাকবা থোগনগী লম্বী কয়া থুগায়জদ্রনা, পুন্সীগী মওংসি মাংনবগী-দমক, ঈমাংদা ময়ায় কাবসি থমলি, থক্রবগীদমক শেম শান্নী। থংলে—বরিগুম্বদা শাগৎপগী তোঙ-জবা লৈ, অমুক, করিগুম্বদা শক্তম কয়া য়ৈথায়দ্রনা মাং তাকহনবগী কান্নবস্থ লৈ মীওইবগী মফমদা ! ( অফবা। ফত্তবা। মীওইবনা পামদবা করি লৈরদ্রনা? )

ঐগী খেন্নরবা শক্তম অসিদা মহাক্র, মালেম অসি থক-থক নীকলমঙৈ মীওইবনা খাংঙমজদবা মতৌদ্রমক চেল্লদ্রনা, বারী, ঐগীদমক, মহাক্রা রারগা ঐনা হরাওরি। ( মীওইবনা পামদবা করি লৈরদ্রনা ) মা : —(মুল্লী শুত্তগী) “থকদু ময়ায় কাবসি। তাও রাসিমতং” মাগী তনীকলবী হকচাং কয়াৎকী, মীৎয়েংগী, করিগুম্বা রাকম অমত্তস্থ ঈনবীথিদে—ঐনা। ( লাল তৌনরগতা, অশি-অনা থোকলগতা অপেনবা ওইবা নিঙথৌ থেঙনরবদায় ঐখোয়বু? লালদা মুংঙাইবা লৈ। )

মায়চ—২৯

মানা থা ওইহনসি ( মতু কৈ )

ঐনা থরো ওইহনবীমু ( মতু পামজৈ )

অতু ত্তইরবদি কায়নবা হায়বতু হেক্কা ওইরে। থরোগা থাজগবু নোঙমা ফানা লেনমীয়বা য়াওপ্রবরা ?

ঐ :—কুচু ঙৌবী—ঐহাক মায়থীরে।

মা :—হায়গনু—নং মায়থীদে।

ঙাংনরিবসিনা অশেংবা থমোঙ্গী মশক হেক্কা ওই করম থাজগনী। থাজবা ঙমদবা!! মসিমক খ্বাইদগী চাওবা মায়থীবনি।

মায়চ—৩০

ঙসীদী, মুঙশিবগী, কায়নবগী, মায়থীবগী, মকপ্ন মরুপপু অশেংবা মফম পীরমদবগী, মতু থংলকপগী, লৈরাঙ লৈকাদা হু পকলম্বগী, হুতু থংদনা নমলুবগী, ঙয়মক্তা মৈচারা মায়েক থংদনা চাকথংলক্নুনা লেপ্লবা ঈপুন্সী অসিনা হীক্ক হীক্ক কপ্পী। অকনবা লাল অমা শোক্করি। ( বোম-তোপ, থাংতেন, অসিতনা লালগী শক্তম ওইহনবীগনু। ) মীৎলুগী অবৈবা পি শীন্থহনা, লেপ্তনা কপ্নুনা, থেঙনবা য়াই লাল।

করে।

চৎলগে ভারত পুম্বগী ওইবা লাইরিক ইবশিঙ তিয়গনী।

কুইরবগী তুং—, চাক্লবা অহীং কয়া য়াহীপ তালক্নুবা পুন্সী-সিগী কঙলবা চীনবানসিনা মায়থীরে হায়বগী অশেংবা থুদম কয়াগা লোয়ননা ( থুদম কয়া! মতুদু অরোয়বা থুদম।

কয়া কয়াগা লোয়ননা ) খুদম কয়া কয়াগা লোয়ননা কল্লক পেন্না অমুক্তং চীনচুপ্পরমগে।

থমোঈ ঃ—লাও। মহৌশা কয়াদু কাওরগেরা ? (লৈহৌই।) —অড়না থা-ব্বানমিচাক, অতিয়া, ঐগী ভাইবং খুদাংমক্ত ঐগা কায়নবনী।

মারচ—৩১

উরে শক্তমচুদি থাপ্প ঐগী মীৎয়েংদা, ৱাশকলুবনা মনাক্তী নকণ্ডমদ্রে।

ৱাখন খম্বকবনা, খম্বরুবতনা ওইহল্লে ঐ মতু শোনবা।

ভারে পাও—য়েরুবদু চংই, মীৎয়েং কয়া - মীৎয়েং কয়া, ও। তাইবং অসিনা য়ারবা লমচৎনী মসি ! মান্নী। য়েরু-চান্নবা, অমুক কায়নবা। খুঙনবা। তোক্লসি ঐ করিস্থ খংদ্রে। (খন্দী খল্লী)... ৱাখন খনবশিঙগী অকক্লবা মকপ লৈতে। লৈতে—, লৈতবস্থ লৈতে। ( মালেমসিবু কয়াম পুন্সীখিগদগেনে ? )

এপ্রীল—১

ভারতকী অঈবখোয়—য়েঙউ, উরিবসি মৈতৈগী লোক্তাক পাৎনী।

ভারতকী অঈবখোয়—য়েঙউ, চিঙনবনা লাহৎলবা মায়থীররা মৈতৈ মচাদু ঐনী।

অথেংবা অহীংদা কুচু ভৌবীসি উই মীৎত। মহাক উবদা করিনো ? ঐগী মায়থীবগী মৈচাক হেক মাংখী, হেক লাকই।

এপ্রীল—২

পুন্সী অসিবু করিনো? মানা পামলিবনা করিনো?

পুন্সীগী মশক।। পামদ্রে—অমুক তাকপীরম্মু। অদুদি, মাগী অপাম্বস্থ লৈত্রে? লৈত্রে। (হে তাইবংগী মপু অমতংদী পীনবীরু,—) মাবু ঐনা চিঙনৈ মসিডং কোকহনবীয় নংন। মদু ঙস্থীরোই; ঙস্থীরোইদ্রা? অদু ওইরবদি করি ওইনি ঐদী?

এপ্রীল—৩

ময়ূপশা—ঐবু, ঐবু মায়কৈ অমদা চিঙদুনা পুবীবা ঙম্মোইদ্রা? পুন্সী অসি খংদে, মশক খঁশেং-শেঙদে, শেঙউ হায়বা য়াবা লৈত্রে থক।

এপ্রীল—৪

প্রো:—(কোন্দ)—হেলো—

ঐ:—(ওক্না)—ঐনি (শেনগী য়ারী শারী)

য়াশক কয়া থুগায়দুনা মীৎনা নোকপী কুহু ঙৌবীসিগী মনাক্ত ঐনা চংই—উনীংবগী ভাইঙমদ্রবা খোংচৎতু নত্তে হুজীক্তী, সুপ্লগী খংনীংদুনতা চংবনী। (ও।—অস্মুম, নশক হেক হেক হোঙবোইকো পুন্সী নংদী?)

য়েরুবদগী সুঙশিবা, অমুক সুঙশিবদগী য়েরুবা। করিগী ঙল্লী?

এপ্রীল—৫

অশৈবশা—শৈরেঙদু ঐগী য়েঙদুনা থীরম্মু। কদোবগে।

শেমজলবা বাহৈগী লালমীশিঙদু ঐ শেঙনা কিজৈ

খংদরা ? অদুগুম্বা অশেম্বা ৱাহৈ কয়া, মতম খুদীং নোক্ত্নতা
লৈবা মীৎয়েং লীশীং লীশীংদুগা লোয়ননা ঙাংখিবদগী—
অসি খুদীংমকসি থোক্ত্না ঐনা মায়থীবা ওইবনী।

( অদুবু য়াদে—মৈতৈগী অশৈবশিঙসিনা অমগী মথং অমা থীনরী শৈরেঙ—। মসিদী করি মতৌনো—মীনুংশী খংবীমন্দে )

অহীং

মহাক্কী ঈরুজবদা ঙায়রীবী, ঈশীং মরীক, মরীক পকপা শবানসি উত্রা ? মহাক্না ঐগী মাংদ, অহীংন থেংবসিদা লেপলী।
মুর শকথীবদুনা, মতোমতা ৱাজমনখিবনা হিঙচাব'দু ওনখী।
ঐনা অশেংবা খংনীংলুবত্তনা, মুঙশিজরুবত্তনা, কপচেৎপ ওল্লী।

থেম্নবা মক্ত হায়বদু :—

১। ওথেলোগীনা হিঙচাবগী থবক ( মুঙশিজকবনা )
২। ঐগীনা মীকীথী, কপচেৎপা ঈতৌ ( হক্ক মুঙশিল্লবনা )
৩। দেসদেমোনাগী লাইবক্ত ( ঙম্নমক ) ফীজেৎতু।
৪। কুচু ঙৌবীসিগী মৱালনা ( ঙম্নমক ) মীৎয়েং অমতংদু।
৫। ইয়াগোনা মুপা থোকপা লজং ( ফক্রবস্ম )
৬। অৱাংবা মুপাসিনা খুদোংচাবা নাম্বোকহন্দবদু (কত্রবস্ম)
৭। মথোয়গী ভাইবংনা সেক্সপিয়ার
৮। ঐগী ভাইবংনা—ঐ

এপ্রীল—১০

চেৎনা কোন্দুনা; চেৎনা কোন্দুনা....।

অচেৎপা খুনকোন অসীদদী—লৈস্ন শাৎলবনী, থোইমুস্ন ইল্লবনী, মুমীৎ, থা, থৱানমীচাক, ঙম্নমক থোক্লবনী, শেমলে

ঈনৌ নৌবা তাইবং অমা মা-ঐনা। অসিগুম্বা তাইবং অসিদা
লৈরাঙ লৈমন থক চন্দে—খোইমুগী কুচু মুদে, মেরুবা লৈতে,
লৈতাবা লৈতে, অখাবা লৈতে। হুনা খোইহী—উজ্রা ওল্লীবসি।
ঐঃ—( কোম্ন কোম্ন ঈথাদা ) ঐবু কাওগত্রা ?
কুচু ঙোবী— ( মায়খোংনা ঈথাদা নৈনা নৈনা ) কাওরোই ?
ঐঃ—অনৌবা তাইবংসি লৈরাঙগী মপৈসে,—
কুচু ঙোবীঃ—কাওরোই। কাওবা ঙম্মরোই।
(ঐনা মাবু চিঙনৈ )।

এপ্রীল—১৭

কুচু ঙোবীঃ—উত্রগা কোয়থী থী পোৎ অমা মাংবগুম। ঐদী মুপীনী,
অদুম্নু অমুক, পুক্সী কয়াসিগা থাগোম্নরবনী। ঐদী—ঙমদে
নংগুম নীংতম্বা। খংদবরা নং ?
ঐ ক্যায়—(মুঙশি) ঐ মাবু থাজবা ঙমদে। (মরমদী)
অশাৎপী লৈবু ঐগীনি থমলম্ন। লৈরমগনি থাজদে।

এপ্রিল—২২

ঈরালনী—লমচৎ অসি ঈরালনি।
ঐ :—করিগীনো অশোক হায়বদুনা নিঙথৌ ওইরুরিবদু।
কলিংগদঙ মাংবদা অদুক পিনৌবা ঙম্বা কপচেৎপদু। (খংদে)
অশোক :—ঐ নিঙথৌম্নু ওইনী—মী হাৎপা লালম্নু তৌরোই।
ঐ :—অদুদি কায়নরসি কোক নোক্সরি লৈমাবা!
অশোক :—কায়নরসি।

মান্নী—কাম্ননবনা কৈ। থাপ্পবনা ফৈ। বাহংনা অমা পাওখুম্ন অমা। মান্নদবগী লমচৎ্তি—কাম্ননবা নত্তুনা অতৈ করিস্নু লৈতে। ঐ কুচু ঙৌবীসিগা কাম্ননবা তাই। ঐনা কপ্পী থাপ্পগে খল্লঙৈ। ঈমীৎকী পি উহন্নীংই মাবু।

এপ্রিল—২৩

থমোঈ :— (বা ঙাংদে। য়েঙনৈ, য়েঙনৈ)
হকচাং কম্নাৎকী অপেনবদু নত্তে
অদু পুম্নমক নত্তে ঐনা পামলিবা
শাগৎলুরিবা রাখনগী মতিকচাবা
খুদোল অমতং পামলুই নফমদগী
লংজরবা ঐগী লমচৎ 'থকসিদা
থমোঈগী ওইবা মুঙশিবগী মচু
মচু অমতং তৈশনবীদুনা ঈরালসি কোকহল্লু॥

মে—২

কুইরে করিস্নু ফাওনদবা।

ইহে--পুন্সি অসিবু মীকুপ অমতংস্নু লৈতাহন্দবী, ঐবু থাদোকউ। নং অমা পোকলমদ্রবা ঐ নংগা থেঙনরম্লোই। নংগা থেঙনরমদ্রবা থমোঈনা থমোঈদা তিল্লম্মোই।
নংগী থমোঈদা ঐগী থমোঈনা তিল্লমদ্রবা—মীনোক অসি উরম্লোই। মীনোক অসি উরমদ্রবা করি ওইরমগনি ঐ—!
(মীনোকসিনি মৈচাক-তি)

মে—২

কুইরেদনা উনদবা। তারিত্রা—তাইবং-মালেম। ঐ মাগা কায়রবনি—। মাবু চাওনবদগী। মীৎয়েং অমগী চৈনাদগী। তারিত্রা ?

সিমতংগা তাহৌ—চিঙনবা মীশক অমগীদমক (হৌনত্রা সিবু ?)
সুপা ওইবগী থোনা খুদীং মাংহন্দুনা
সুপ্নগী ঈতোমতমক কপ্পী ঐ।

(রাহৈ সিমদী মাঙোন্দা হায়নীংই):—অসিত্তং খংলবা নংনা পেনগনি ঐ।

মে—২১

ঐঃ—করিগী লানকয়সিদা ঐবু কৌরিবা ?

কুচু ঙৌবীঃ—করিগী লাক্কে ? কাওবরা ঐবু ?

ঐঃ—খংদবদগী নেৎলুবনী তাংজসি, ঐ হুজীক নেৎলরোই।

মঃ—হু। খংলে –

ঐঃ—( হু। )

খংলে, মাখোয়-ঐখোয় কয়াসিগী শরুম তাইবংগী লমচৎ ওইবদি খক য়াদে। তাইবং। খক মপুং কাবা ঙমদে। দায়রিগী লমায়শিঙসিনা হৌন-হৌনা নোকই। হৌগ্রবা রারী মখোয়না লী --। খেন্নরিবদি ঐনা তোঙান তাহৌবা, অদুগা মখোয়গা হৌগ্রবা মতমশিঙদুগা অমত্ত ওইখিবসিনী। (ঙসীদী—মহাক কমদৌরম-গনী ? খংদে।) শরুম খুদীং হৌগ্রবা মতম্না মুনগ্রবনী।

করিম্নু লৈরমদে—মতমদুগী অরংবা থমোঈশিঙ।

হুজীক্কী—ঊরাল অদুম্নু পুবীগ্রে—হৌগ্রবা মতমদুনা।

ঈরাল অদুমতংদি ঈশক্কক ওইনা থম্মীরম্ব য়াবনী মুঙশিহৈতবশিঙদু।
মপু নত্তবা, করম্বা মীশক অমনা ঐগী ঈরাল অদু লৌরমগনী,
মরাল নত্তবা মরালবু কনানা লুন-চায় তৌনবীরমগদগে ?
নীংশীংলুরগা মাগীদমক ঐনা থমোঙ্গ অসি নীক্ল খাংলী।
ঐগী ঈরাল—ওম্মোক্ল বানা লেল্লমগনী—। মপু নত্তবা মনাক্ত।

করি ? শমলাংনা অঙৌবা শক্তম পুরে ? চুমই শমলাংনা অঙৌবা শক্তম পুরে। হায়নীংলীবদু কয়িগীনো ? 'অসি খুদীংমকসি হৌগ্রবা ঙাক্তনী' অসিরা ? অদুদি দায়রিগী লমায়শিঙগা হৌখিবা মতমগা চেৎন-চায় লেঙগোম্বরদুনা ঐবু নোক্লরিবসি হায় য়েঙখো। অমুক্তা। ঙয়োই—। ঙয়োই। ( হা- হা - হা—· ) নোক্লে, শাওম্নু।

চে মচেৎসি ঐনা পীরি—পাও। ইরিবদু তিনশিম্নবা মশীং নত্তে। চৎলিবা চহীসিগী মশীংনী। খাইদোক্কদবনী। ওইদববু ঐস্নু থংই—হৌগ্রবা পুল্সী, য়ারী, থমোঙ্গ, তাইবং, ঙম্নমক পুদুনা, ওৎকদবমথৈ ওৎলয়গা চৎগ্রবা মপুকচেল পীকপা হৌগ্রবা চহীশিঙ অদুবু, হন্দক্কী চৎলিবা চহীসিনা করম্না তায়বা ঙমগনী ? থংই—! ওইদবনী, থক ঙম্নরোই। উনবা ঙম্নবদী—! মদুদি য়াম্না ফৈ। পেনবনী। লমন খুমগদৌরিত্রা ? নত্তে, নত্তে, লমন খুমগদবা নত্তে থাজবীয়ু। খুকখুদক কুন্দুনা বাহৈ অমতং, স্নুপ্নগী বাহৈ অমতং নীজগনী—"নখোয় চৎগ্রো—অদুবু ঈরাল অমতংদি হন্দোকপীরম্মু—মদু অশেংবা, ঐনা বানা লংশঙখিবা ঈরালনী, ঈরাল অদুমা

ফণ্ডনবা হোৎনবদা ঈমীৎকী ঈপী, লেপ্তবা নোঙজু থাগী নোঙলীকম শীঙ্গজখিবনী, ঈরাল অড়ুমতং লংশঞ্জবদা ওক্তবা মপোক কন্নাদা পুন্সী অসি য়োম্বোকচকরবনী। মীরা মীশা কয়া, অমুক, পক্কন্নবা ময়াই কয়া চাপ্রবনী। ঈরাল অড়ুমতং ফণ্ডনবা হোৎনবদা সুপা ওইবা থৌনা, লৌশীং পাঙ্গল খুদিংমক উৎ ওনপ্রবনি। মাবু ঐনা পান্মুজৈ রানা লংশঞ্জকবা ঈরাল অড়ুমতংদি হন্দোকপীরম্মু। ঙাক-পীবা ঙমদ্রবা ঈরাল অড়ু কোঞ্জদুনা চীক্ক-চান্ন লৈজহৌগে" অড়ুবু, হৌপ্রবা, শেন্দোং তানবা চহীদু তান্নবা ঙমগনি নীংঙ্গ্রে।

অরোনবা থৌদোক রাথোক খুদীং, তাহৌদবা, থমোঈ থমোঈ-তংগী ওইবা রারী, ঙম্নমক মথোয়না তাথোক-উথোকথরে। পুন্সীগা পুন্সীগা খৎনববু কয়া সুঙাই-য়াঈফবা থৌদোনো? য়েঙহৈবা নঙ্গে। থমোঈগী পেনবা কোবা লৈতবা মরমচৎ, য়েঙবা কৈদগী সুংঙাইনী। ও। (অড়ুবু মালেম অসিদি হিঙলি ঙসিসু তেক্ক কায়দনা।)

মকম অসিদা ঐবু খংবা অমতংদি থোরকপা কৈ। থায়নগী খংন-চান্নবা মথোয় খুদীংমকসু মরৌ লৈবা, হৌপ্রবা চহীশিঙ অড়ুনা পুপ্রবরা? কনাসু লাক্তে।

হো ইবুংঙো চহী ১২রোমগী অঙাং। চেন্নীবা অঙাং, চোংলীবা অঙাং, ঈচাগুম্বা অঙাং, ঈগুম্বা অঙাং—অঙাং নখোয় ঙম্নমক হনুবা ঐগী ঈনাকসিদা অমুক্তা চংশন্নরকউ। ঐগী অমনবা চহী ৩০ হৌপ্রবা দান্নরিগী লমায় ময়ামসি করিগীনো নখোয়গী অপাম্বা মওংদা শীজন্নরো—য়েঙলোরাও--অড়ুগা কপ্প অড়ুগা নোকপা, শেগায়বা, থদৎপা ঈয়া য়ারে। লাও।

অমত্তু লাক্কে। 'মুম কুম্বসিনদী করম্বা থৌরাং অমা লাংগ-ম্বদৌরিবা ? ল্যাংদবদী য়াগ্রে। করিগীনো চহী ৩০ গী রাব্রি মপৈ-মপৈম্লিনা চহী ৬০ শুরবা হন্নুবা ঐগী ঈতুং অমুক কম্না ইম্নাংল্লিবা ? ঐগা চৎমীন্নবদা, তোঙঙ্গগদবা করিস্থু লৈতে মাগী।

(ফরে—থৌরাং অমদী লাংগে! হৈনবা হৈনদবা অদুম ময়াও! মতম মতমগী ওইবা মীথয়েংদী অদুক হাক্ল রারোম্থু।) তপ্প তপ্প চংই। তপ্প তপ্প চংই। মসিনা ফৈ। ঐবু হরাও হরাও কৌরকপহু পামদে। কনাস্থু থংবীরম্বু ঐবু। য়াম্না তুমীন্ন মাগা অমুক্তা শকথেংনরমগে!

হা। হোতেল অসি কনা অমত্তু হেক লৈত্রবা।

অয়োনবা মীস্থু—চারবা মীস্থু—। চান-থরুবা পোৎস্থু—। ঙম্নমক পুকচেল অমত্তু ওইথ্রবা।

কনা কনা লৈ হোতেল অসি ?

অপীকপা অঙাং অসিনবু হোতেল অসি পুবা ঙম্বরা ? ঙম্বদী মাল্লী। মানা কদায় চৎপ্রবা ? মস্থুরা ? মস্থুগী মচারা ? মচাগী মস্থুরা ? শিখিবা থোকলবদী—। খিখি হায়বদী তাদে। কৈদম্নী তাগদৌরি ? অমুক কুইন্না চহী অসিদা থোক্কে হায়রব্দী অতিয়া মচেৎ অমা কেম্থুখিবস্থু য়ারবনী।

শিরমগনী হায়বদী থাজদে। থাজদে। অদুবু থাজদবা ঙাক্ক নত্তরা তাইবংসিদা থোকলিবসি! মুতিম্নী, চৌনচুপ্নহোত্রবদী লৈকম থংলমদবা মতমতুদা, মাগা ঐশা অমুক য়াম্না চহী থান্নন-ঙমলক্কনী হায়বসি থাজরদবদি লাইরী থনবু থমখিবরা ?

অঙাংসিদা হঙলবদী অশেংবা অমা শংনী। (লৈ। লৈতে। শি। শিদে।) অদুদগীদি মাগা ঐগা অহোংবা শক্তমসিদা কূইরবগী তুং উন্নবা ফঙগনী। (পি তাগদ্রা ? ঐদী তাগনী ? মাদি ? মাদি—তাবসু য়াই তাদবস্ন য়াই।) চহী ৫০ সুরবী সুপী অমনা চহী ৬০ সুরবা সুপা অমদা চৎকদবা লমচৎ অদুদমক চৎলমলগা লেম্ন (থাঙ্গনগী মকপ্পী হায়ব'গুম) চা গীলাস অমা পীথকলগা থবক নোম্ব, অমুক চংথিবসু য়াই। নত্রগদি— ? ওইনীংঙাই হৈরে লৈত্রে।

অদুদি দায়রি অসিদী কন্নি ওইহনগদৌরি ? কন্নি ওইনী! মহাক অমনবা দায়রি ওইনী। হৌগ্রবা রারীহুনা হৌগ্রবা রারী ওইনী। মদু ওইবা য়াদে। মাগা ঐগা হৌগ্রবা রারীহুগী মথাদা থুপমিন্নহুনা—মীকুপতং ওইরবসু চীন্দা-পাওদা পাওমেন্নরবদংদ দায়রি অমনবসিগী ময়াইবক লেপ্পা ঙমগদবনী।

(মহাক শকফম হোঙলম্লগনী—। অহানবদদি ? থংন-ন্নোই। কৌনবা ঙম্মোই—, সুম য়েঙননি। কূইনা য়েঙননী। অদুদগী ঐনা হাম্না হায়গনী—"কমদৌরি ?" মানা (ঙকলমগনী অদুদগী থংলক্কনী, অদুদগীদি কন্নিনো লৌগদবা শক্তম অমা লৌরহুনা) খুমলক্কনী "কমদৌরি ?")

অমুক্তং থোরকপদি কৈ। অপীকপ: অঙাংসিদা —। মদু ঙম্মোই। অদুদী—সুম কম্ব তাবা ? মদুদি মন্নম চাদে। ঐ চৎখিবা—। মদুদি মরম চারে।

হোতেল অঙাং—নোঙমা লাকপা ঙমত্রা য়েঙগে অমুক চংলে।

ঐবু অসুম্মক চংলগত্রা? (অঙাংসিনা করিগীনো ঐবু অসুক মুম মুম য়েঙলিবসিনা? য়েঙদবদি। অসুক কুইবা ফমলকপবু—চা, বোরা, ঈশীং, মমীং থংদবগুম করিসু কোদ-হায়দা অসুম ফম, অসুম ফম। মসিদী অঙকপনী। অঙাং, য়েঙবা য়াগনী। য়েঙউ (ও। থমোইমুঙদা ঙাংলিবা ঐগী ইরাইহৈশিঙসিদী উগদবা লৈত্রবনিনা) ঙকপদু, হন্থগথ।— চা পীয়ু, হায়রুবদদি? মাগী মীৎয়েংদা পকলিবা অঙকপগী চাঙ অসি য়াম্ন লায়না কোকক্ষগনি। (কোকহনবদি পামদে। অঙকপা পোৎ ওইরুবগী তোঙজবা লৈ, মুংঙাইবা লৈ।) কোকত্রগনী— !

জুন—৯

পুন্সী—হরাও তয়াম্ব অমসু পক্কবা। করিসু পক্কবা মীশক ওইদুনা, করিসু য়াওদনা, লায়না পকলবী, পুন্সীগী চীঙ্গাক তানফম লৈত্রবী ওক্কবীগী মরায়বক অদুগা শম্নাগী মথৈ খেন্নদনা, করিগীনো অসুক মমী শামলকলিবসি পুন্সীনা?

অসুম অসুম রায়। করিগীনো ঐঙোন্দ থোকলিবসি। রাফম থোক্কবা।। (অদুদী) রাফম থোক্কবসু হেক মরাকবরা ঐনা? অদু ওইরবদি ঐ লাম্লে। অদুবু, (লৈচীল থাঙত্রবা মেরাগী, থানিল তমবী তিয়াগী থবানগুম শেঙলনী মসি) অদুবু, করিসু পক্কবসিদি, অসুম্মক রাবসিদী, মমী শামলিবসিদি,

নীংখায়রবা চীং নাপোমগুম্বা শক্তম মপৈসিদী, থাবু হক্ক মুঙশি-রুবদগীনি ; অসিমতংনী ঐনা লাল্লি-লান্দেদা চংলিবসি। অদুনবু ঐনা পেহৌনবা ঈতৌ অমা চেন্দুনা অপীক্পা, কপচেৎপা অঙাং তোনানজবদুগী মমাগী মথাদা পকশঞ্জবা মতৌ, অমুক, মচা অপীশক্তুবু মথা চেজেৎনবী মমাগী মতৌ, ( ঙম্বমক চেনবা শক্তম-হুদা ) ঐনা হায়বনী খোঞ্জেন নীক্ক—“ঐবু বাহনগনু” ( অদুবু ঐ বায় অদুনবু লৈতাদে। )

জুন—৩০

স্নাকৈথেলসিগী শক্তমসিদি য়েঙলু-উকদবনা ফরে। কৈদ চৎথরে ঐগী লৈবাক মীয়ামগা য়াম্নমক নক্নবা বাখন অদুগা পুন্সী অদুনা ? অমুক, লৈবাক্কী বাথোক থৌদোক কম্নিস্থ তাদবগুম পুন্সীগী অমম্ব, অঙানবা, মতম খূদীংগী মীকুপ খূদীং মহাক্কগী বাখন্দ শিন্নদুনা লৈরম্নিবসিনা ?

ও। নোঙমা, নোঙমা অমদী অতিয়াদু কয়াদা লঙথ্রবা অদুগা বাখন কয়া, ( লীশীং লীশীংদুম ওইরমগনী ) তুমীন চীকশন খল্লুরগা ঐগী ঈতম্বাক্ত মহাক্ক মোনথাং য়াহীপ্পরদুনা হায়থী— “কম্নিস্থ লৈত্রবী ঐগীদমক অদুক চাওবা নহাক মাংলে, মীয়ামগী থৌরাং খূদীংদগী তোঙান্ন তারে—”
“মদু খূদীংমক—নংগীদমক—”

অদুদগীদী লমচৎ নাইদবা চীংজাও অস্থকপগুম্ব কৈদগীনো লৈচীল মপৈ অমনা পশোৎনজবী অতিয়াদু, চীরোন-থারোম্নবী মঙাল মচেৎ

পক্ত্রবী ওক্ত-মুম্বান্নবী, শাগৈগী, মৌগী থমোঙ্গীদগীস্থ শকক চাম্ম চাম্ম চাঙহেন্নবা কয়াদা তমথীনা, মুরু মমকনগ্রবা। মমথী।

অম্মুকপা অহৌংগী মরমদদি করিস্নুবু খল্লুদে ঐদী। খেন্নবা করি লৈদ্রুনা—অমম্বা অঙানবা, মুমীৎ থোকপা মুমীৎ তাবা-- ?' তাইবং অসিদি (তশেঙনা লৌনম চাওরবনি মহু চেন্নবনি।) তাইবং নত্তুরবনী। অদুবু করিগীনো তাইবং মীওইবশিঙসিনা মখোয়বু চরী তৎহল্লবা, মখোয়বু পীরোইনবগী পুক্সী হয় হয় পীরবী তাইবংসিবু, মালেমসিবু, অম্মুক খোঙ্গীদা-চাম্ন মুঙশিদুনতা চহি কয়া অসি লৈরক্লিবসিদী ? (অদুনবু মতমদুদা ঐনা য়েক-খীবনি মুমীৎ কয়ানি চংনা - শানোঙ্গীবী, মীৎতা চাওদানবী, ঈনা খয়াৎ শীন্ন চেম্বরী, হিঙচাবী অনীথক। মখোয়্নন অকীবা শক্তম পুথোক্ত্রনা মীওইবা কয়াবু তাম্নৈ চাগদবগী অদুগা মমীং থোল্লী ঐনা "শারম-ঈচুপ্পবী মহোশা লাইরম্বী, ওক্তবী তাইবংপান অদুগা, থাজবা থমলুবদগী থমোঙ্গী কায়রবা মীওইবশিঙ"। (খংন-খংন খংদবনা,) ওৎলী থৌদোক বাথোক কয়া লাংদুনা ঈশীং মুঙশীৎ তাইবং মালেমসিনা। অদুবু অদুম য়াই মীওইবশিঙনা।

ঐ মীওইবদুনী অদুগা মহারু-খংলবস্থ, খংদবনা শরুক চাম্ম হেনগ্রবা লাঙখিবা, তাইবং মালেমগী, বাকৎ ঙমদ্রবা, লমচৎ নাই-ত্রবা, থমোঙ্গী কায়বা থৌরাং কয়াদুনী (অদুগুম্বা মতমগী অরোয়বা শকক্ত দা।)

হৌজীক্তী মঙাল খুদীংমক কোকথীদুনা শক্তম অসি ওই, —অমম্ব—,য়াম্ন শুরু মম্ব (মতমদুদী) মাগী শক্তমবু য়েঙল য়েঙলগা

(মতমদ্রু) ঐনা, ঐগী খুৎনা লাই কয়া য়েকখরে। য়েঙবদা থমোঙ্গ মুঙওনবা শংক্তম চেনবা লাই কয়া। অদুগা মহাক্ন হায় "মসিদী নোঙমা ঐনা থম্বাল মরক্ত ঈঙক ফাওবা ঈশীং. অদুগা খুৎনা লাম্ব ফঙবা অমতং হেক্কে ভৌরিঙৈ শক্তমদ্রু মাল্লি।"

তশেংবমক মদুনী। শক্তম অদুনী। কয়াদা খেম্নব্রবনো—, মতমদুদা মাগী শক্তম্ন ঐগী থবায়, ঐগী লৈবাক, ঐগী বাখন, ঙম্নক ওইখী—। হুঙ্গীক্ন নীংশীং মশেক্কী মঙালদা লেপ্লরিবী (হুঙ্গীকমক মীৎসিদা উরি মাগী শক্তম. লোয়ননা ঐগী পুন্সী, ঐগী থবায়, ঐগী বাখন অমস্তুং ঐগী লৈবাক মখোয় খুদীংমক্ল মচীন তুম্ব খুৎলায় কয়া পায়দুনা ঐবু লৈবাক্তদগী তাম্থোকপীরী, ঐবু ঐগী থবায়দগী ঈম্থোকপী, ঐবু ঐগী বাখন্দগী মাংহল্লি—। অস্নুম্ন।

ঐগী মীৎত অপীকপা মুপীমচা নং উরে—অদুবু—ঈশানা ঈশাগী ঈমীৎপু থাজবা থমদবনা নং অপীকপা মুপীমচায়া, অচোবা মুপীমচায়া অরেপ্প অমা 'সিনি' হায়না ঈচীনসিনা ঙাংথোক শক-থোক্তদবা কিরে।

(চা থকলিবা ঈবুংঙো চহী ২০গী (কুনবু কায়মখিয়োই) পাথং শক ফজবা নং ঐতনি স্না কৈথেলদগী থাপ্পলকলবা, তামলবা থুন-গংসিগী অপীকপা অঙাংন থোদাঙ য়ারিবা অপীকপা চাগী, বোরাগী, কাংহোগী, অপীকপা গীলাস ভতগী (হেন্দ্রবা হোতেল) অপীকপসিদা চা থক্ত্না (ঐদী চাবু থকপু থকহৌদ্রে—অঙ্গংবা, ফমজলবা চা'সি লৈরি ঈমাংসিদা—অঙ্গংব চা সিনা ঙম্মমক থংব্রবনি ঐগী

চৈনবরবা, মনুং মতম চাদবা থমোঈনুঙগী রাখন খূদীং ) ফম্নীবসি। ( করিবু হঙনীংবা ? খংনদবা মীওইবা অনীগী মরক্ত হঙননীং-ঙায় ওইবা, মশক খংদবা করি রাহংবু লৈবা ? হুজীক্কী ঐহাক পাওখুম পীবা য়াম্ন পামলক্লে হঙনীংবা করিনো হেক হঙলকউ —। ) — কিরে। অঙাংবনা অমুবা হেক্তমক ওল্লবা, অওনবনা লেংদবা হেক্তমক ওল্লবা, উরে খল্লুবনা করিস্নু উরমত্রবা, করিস্নু উত্রে নীংলুবনা করিনো তরং তরং উবা ওইরম্লবা - খূদীংমকসিনা খূদীং-মকপু—অচুম্বা ওইহল্লি—খূদীংমকপু তমথীনা লংজবা ওইহল্লি। অদুবু হন্নুবীদু থোরক্লগতা খংগনি মতমদু কয়াদা চুমগ্রবনো ?

ওইহনবা খূদীং ওইহনখীবদা তায়ওম্নখিদৈ থোরাং ওইরম্নী হায়বগী মুঙনাঙনীংঙাইদু অমুক কৈদনো ? অনীস্নুবা লাজাওনা ওইহম্নীংবা ঙম্নমক অথীংবা লৈতনা ওইহনখীবদুনী—। ঐগী অয়েকপা লাইগী মপৈ মপৈ ( মখোয়শিঙদুদা মতমদুগী ওইবা পুন্সী অদুগী, ঐগী হকচাংদা চেনখীবা অনংবা, অরাংবস্নু ওইসনু, ঈগী মরীক মরীক, মরীক কয়া, ও। চাঙওনবা অমুক ঙমদনা য়াওগ্রবনী ) উৎওম্ননা মাং তাকহন্নুনা লেমখিবা, লমচৎ নাইদবা শক্তমদুনী। অমুক লম্ন কয়া কয়া য়েকগ্রবনী উৎওনখীবশিঙদু নীংশীং-লাকশীনদুনা। ওইদে। অদুম্মক লমচৎ নাইদে। মরীন চুমদবা ওইদুনা তোকই। উৎ ওনগ্রবী শিঙদুগী মৈচাক চেনবী মায়থোংদু তাবা-য়োবা ঙমদে।

কৈদগী ॥ শীৎগ্রবা মুঙশীৎ অমুক শাহুম-চাঙমাম্ননা হুমলক-শীৎলকখো য়াবা হৌনগদগে ? হৌনগদগে ? অদুবু হৌনবা

তাৱবা !! অদুদী, অচৌকপা অহৌংশিঙদুদী অসুক মীনুংশি থংহন্দবা করিগী ? মখোয়না ঐগী পুন্সী কয়া শেমখী, পুন্সৌনোবা কয়া, মখোয়না ঐগী পুন্সী কয়া শেগায় থুগায়দুনা মুৎহল-তাকহনখী। অদুদগী, ঙন্নমক্তী মতুং অসিগুম্বা তরং-মালংনবা খোঙগুল তাদবা পুন্সী অসিমা শিন্নরয়গা চৎথ্রবা মখোয় চপ মান্নবা, মতমদুগী হেদোঙ্গ-হেগাঙৈ ফীজোল্লশিঙদুগা লোয়ননা কবিগী লাক্কবা অমুক ঈনাক্ত।

তৌবক্তী অচুম্ব অদুগা অরানবা ঙন্নমক্তী ৱাঙমদা তোমচা কেরানীনা অতৎ-অথম লৈত, থৌনা লৈত লৈত ঈফমদা পাও-মেনখী "নং মাবু থাদোকউ, নং লাইমন্নদুনা, পুন্সী অদু করিগুম্বা ৱাফমদা অদুগা মায়কৈদা, করিস্থ খেন্নবা লৈথ্ররোই লৈচীল মশক নাইদবসিগা" নোক্নীংব ৱানী। ঐনা থাদোক্কবা অতগা লৌশন—চেৎশন চানশন্নখিদবা করম্বা তাইবংগী মরমচৎ ম্নাওখি-দুনা ? তাইবং অসিদী ঐগী অমত্ত ঙায়রবা ৱাহংদুনী অমুগ' অমত্ত ঙায়রবা ৱাহংদুগী পাওখুমদুনী। অদুনা মরমচৎ খুদীং লৌশল্লী মরমচৎ খুদীং থাদোকই।

লাকপা হায়বদুদী শোয়ফক্ত্রবনী, হকচাং কয়াৎনা কুমশীং-কুময়াম্নকচৈ তুশোন্নবা মরমচৎ থা, লাকঙমদ্রবস্থু মীকুপ্ত লমদম থাপ্ল লীশীং লীশীং য়োঙস্ব, থমোঙ্গনদী. লাকপা হায়বদুদী এমুক শোয়ফহৈত্রবনী। পীক্লীবী মুপীমচা নঙোন্দদি লেংলী-পাল্লীবা অমম্ব অদুদগী অঙানবা, মচুমখনগী তাইবং অসি মহাও 'সিনী চেন্দ-পক্কবা

ঈশীংগুম ঈচম চমলমগনী। ( মড়ুফাওবা খংদবরা ঐবু ? খংই।
মতম খরা চীরোল হৈবী মাগী রাহৈ রাহৈগী শাফুদা ঈশাগী
ওইজবা খুদীং থাপ্প লংথোকখিড়ুনস্থ, ঐগী, লৈবাক মাংদ লৈখী-
চেনখীবা মিঙচৎ-শক্তম, ঈশানা মচেৎ লৌশীং, খুৎথেক-খুৎপান-
ঙমদা কহামাংন য়েথায়-থুগায় মাংহনখীড়ুনস্থ, খংন-খংন লমচৎ
মাংবা, খঙ্গবা ঙমদবা, মোঙশোংলক, কেদোঈবা শাগুম শক্তন্নখি-
ড়ুনস্থ, ( মড়ুস্থ তাকঙমদবা, লৈত্রবা মুঙশিবগী থোরাং কয়াড়ুদনী )
ঐহাক খংই, চয়েৎনবা মচেৎ-মকায়নবশিঙগী, উদবা মরীনা
পুন্দুনা শেম্বা, শকলোৎ-মায়লোৎনবা, অয়াকপা তাইবং অসিগী,
হরাওবা, কপ্প চান্নবা য়েক্রবা, নরবা থাপ্পবা, খা অমস্তং রাঙগী
তিন্নদবা মহাও, মুপীমচা নংগী নক্নমদদি করিস্থবু ওইদবা। মড়ুনী,)
ঈচম চমলমগনী।

চৎখীবদী পুম্নী অসিদা লাকঙম-থীঙমদনা য়াওগ্রবনী ঐদী।
ঐদ নত্তে মৈত্রবাক মচা খুদীংমকতুস্তুনী। লৈ। খেন্নবা। মড়ুদী
লৈ — । ফোংদোকখিদবশিঙড়ু। লৈখা তানা তামথবীরবা সাহেব-
শিঙগী চৈফু অমস্তং মড়ুগী খাংঙমদবা চৈনাড়ু, সাহেবশিঙগী
নমথবা পাম্ব নাকোংশিঙড়ুদা ফোংঙমদনা চৎখীবনি, অড়ুগা
ঙসীনা করিস্থ লৈতবা রাহং "মুপী মচা নবোকপু, নমাড়ুবু,
করিনো অমা থোকপীড়বু হিঙলিবরা নত্তরগা শিগ্ররবা?"
হায়বা রাহং অসিমতং হঙঙমদনা মুপী মচা নংগী নফমদগী হমুবা
ঐন, অঙৌবা, ঈকোক্কী তাইবং থাদোকলসি হায়না কম্ন মরোল
লোল্লক্রবা ঈশমশিঙসি পুরড়ুনা চৎখীগদৌরিবনি। ( হা — হা — )

অম্বক তুশোল্লবনী। ঐ তাইবং মীনী। মসিদী নোংক্লীংবনী। মসিদী কপ্নীংবনী। ঙম্নমক্তূনী।

জুলায়—৩

মসিনা শাফরে। নোঙদমখোম্ন থীহন' তমথীবা ঈয়ায়বক অমা থুঙলমদুনম্ব, শেমদোকচরে ঈশানা শাফবা থৌরাং অসি-পুম্বীসি। চীয়োল, লোনচৎ শাজৎনবী—মাঙোন্দগী থাপতোক্লে॥ ঙসী চৎথোক্কে। (মাবু উম্নবদী চৎথোক্কবা ওই ঐগীদী) তাইবং অসি অম্নম অম্নম থাজরক্কে। খুৎথেং ওইবা তাইবংগী শাফু কোংগায় লীশীংনা, ঐবু, মুঙশিজবী তাইবংদগী য়েক্লবা ওইদুনা থাপতোক্ল লৈহল্লী (কুচু ঙৌবীগা থাপ্লবদী ঐগা তাইবংগা থাপ্লবনি) (ঐ মাবু মুঙশি ঐ মাবু মুঙশিদে ঐ মাবু কাওরবনী) কাও-রবনী হায়বসিদী কাওদবনী, ঐ কাওদবনী? মাবু, তুকচরবনী মাবু, তুকচরে শোনবদী হেন্ন তুকচরক্কবনী, থাপ্লে হায়না খনলমলিবসিদী হেন্ন নকশল্লকপনী॥)

ঐনা চৎলী মনাক্ত (য়েকপা লোইদবা লায় পুদুনা)

ঐ:—ঐগী ওইজবদু করিনো, মাংজবদু করিনো?

মা:—মাংজবদু!! তোঙজবদু!! (মাদী ঙক্লে, ঙকপনা কৈ)।

ও ফাকপু ফাকলুম্নবদী হৌম্নবা থৌরাং মপৈগী, ম্নারী মপৈগী ওইবা চেনাসি থেঙনরকলি। (মহাক ঙকখী—। ওইজবদু? অদুগা, মাংজবদু? করিবু হায়রিবনো খংজদবী মাগী মফমদা অসি খুদীংমকসিনা? ঐনা খংহল্লীংখিবদু? ঐম্ন খংখীদে। ঐনা

ঐঙোন্দ হায়জখীবা হায়ববু—ঐ নংবু ঐ অদু নত্তরবরা ? ঐ নংবু কমদৌরবা ? শাথেক্ল শকক্ষম ঈকায় কায়না, শাথেক অনৌবা অমা থেকখিবসিবু। ঐদী লৈবাক্কী মীশক নত্তবরা ? পুম্নমক্ক হুপী ওইবিসিগী মনাক নক্ক পুন্সীগ্নিবসিগীদমক্ত ঐবু কৌনদে। লৈবাক্কী মায় ঙাকপা। ঈশাগী মায় ঙাকপা।( মখোয়গী (তোমচা কেয়ানিনী লুচিংলিবা) য়াকৎনী ) ওপ্থোক্ক চুমই। অদুদী, থমোঈগী, চেৎন-চান্ন-লকামুঙ থমজরুবা নুঙশিবদুদী কৈদা ?( মদুদী মখোয়না তাকপীদে। মখোয়না তাকপীদে।) (ও) খাংবা ঙম্ব নত্তে। হুগী মৈচাক"। মদুমক্কী ( হুদী চাত্রী, ) ঐবু হু চাত্রিবরা ?) ( য়েঙউ—লাই অসি য়েকপা ঙমদরে, ময়াই কাবসিনা নংগী ঈগী মরীক, হু ওলহন্দুনা মাংহনলে, অদুগা য়ুম পান্দ্রিবা নংগী নখুৎ, হমুবগুম মুকচৈ অসি চুম্ন পায়বা ঙমদনা, মাংজরে, থক-থক নীক-লিবসি ; ঈমানা অসুম্ন থরায় য়ানা কয়ারক ঐবু য়ারকপ্রে, কয়ারক কয়ারক মীৎকী পিতান-তানা, লমচৎতুদগী ঐবু মুম্নবা হোৎনখরে, মরুপশিঙনা ঐবু থরায় কাবনা চাহৎলবনি খম্নৈঙে কৌনপ্রে-য়েঙ-নপ্রে, ( ফনবু মুঙশি মতমদু ) ঐগী লায় য়েঙগে লাকলম্ব-মখোয় লাক্তরে কনা অমত্তসু অমনবা ঐগী লায়য়েকক্ষম অসিদা, নং মাবু থাদোকউ, নং মাংবা য়াবা নত্রবনী, নং নমীং লৈরবনী, নংগী লৌশীং পীথোরকপা নতীক নয়াই, ময়াই-য়োম্ন পুন্সীনবী অসিগী মংলান্দ ঙম্নমক শিম্ন-লাম্ন মাংহনবসি, হারয় কবি নত্তৌনো,—মরুপ, মহাক্ক চৎখিবা অহীং কয়াগী লমচৎ কয়া নহাক্ক, নমীৎন

য়েঙবা পামজবস্থ, কয়ায়ক হয় উগ্রবা, থেঙনগ্রবা, নত্তয়া (ভশেঙ-নমক—ঐনা উগ্রে মীশক কয়াগী পাম্বোম-পাম্বোমদা ঐনা উয়োইদবা মকমদা, মতমদা, মহাক্ল, হীকথরবী. মেয়াগী অথোনবী শানরৈ ওইখিবদু ! ঐ উগ্রবনী কয়ারক হয়, অদুবু থংদে, থাংঙমদ-বমখৈ থক থক নীক্লবা হকচাং, কংলবা চরম, ফোংদোকক্ষম থংদ্রবা মৈচাক চেল্লবা, রাথন, থমোঙ্গ। অমদী—ঐগী খুদীংমক্ল, মথৌনা লৈতবা ওইদুনা থক ঙমদে মাবু ওক্কবীনী কাওথোকপ।) করি-গীনো? থংদে। থংদে হায়বস্থ থংলুদে।)

তোমচা কেরানীনা তত্তনদী হায়খী 'নং ঙাওরে' ঐদী ঙাওদে। অদুনা মাগা মথা তানা রারী শাথবা পামখিদে অহীংদু ঐনা হায় 'লাও অক্তারথোয়দা অমুক্ত চৎলুসি কুর-আন শোক্কুনা অমুক্ত রাশকহনগে থংদবমক্লী হায়না' মদুদস্থ কয়াদা রাজগ্রবা তোমচা কেরানিদু। মহাক ওক্কবীনী হায়বসি ঈমীংনা উই, উসমু—থাজৈ, লেংদ্রবনী, থাজসমু লেংদ্রসমু. করি পাওখুম্মো মতৌসিদী, ফোংদোকপগী রাঙমদা করিগুম্বা থরা লৈ হায়বদী য়াও হায়। ঙম্মমক্ল—(য়াই-য়াই), অদুদী ঐ মাবু মুঙশি।

কয়াদা ঙকগ্রবা !! হেক ঙম্ব.............

চাবোক-নাওয়োক, থাগোন-থাগোন কুমশীং কয়া য়ুম্বান-য়াহীপ-মিয়রক্লবা মপুয়োইববু (রাথন য়াওদনা ভুমলীঙৈ) থাজবা থৌরাং কোংগায় কয়াদুগী রাঙমদা, মুপীদুনা থাংনা থিন্দুনা পুন্সী ঈথম্ম-হনখিবদু— !! অদুগা, শারমচৎ (শারমচৎ নত্তবদী) মকম্বীদুগা—খুৎক খুৎক খুৎশম্ম, চেৎশন-চানশম্মনা হিঙগনী, অকনবা থৌরাং,

থৌরাংগী মপৈ লাংখিবদু। ঐনা তু চুঙবমখৈ হঙই (নিংথৌ কম থাদোকউ হায়বগী ঈহৌ মথোং চাদবঙ, য়াওবা হৌনৈ য়া-রুভৈ. কৈস্থম চৈরাক ফঙখিভৈ কৈশুমশংদা থেঙনখি।) "ভমথীবা নত্তরা ? ও। লিলদগীশু বেল্লী মুপীসিগী মহু।। মদুদস্থ ঙম্নমক তিনশীৎননা খুমখি।— মুঙশিবগী লমচৎনি । করিগী। করিগী ভমথীবা। য়েঙউ, মরু কোকলি ,মুঙশিবগী অশেবা খুদমগী পঙথৈদা মুপীসি (হা হা—হা—) ও। কৈশুমশং মমুংদা উই ঐনা মাবু! মুঙশিবগী অরোইবা খুদমগী পঙথৈ। মতৌসিনা ওইহনবা পামদবনি ঐদি।,

পামদবা মপৈ মপৈ অদুতা পী ঐঙোন্দা। করিগীনো লাই য়েকপা লোইজিভৈ লায়রবা ঐগী মৈতুনা, (থাও হেক য়াওশিল্ল-বখিদবড়) হেক মুৎখিবন্ত ? করিগীনো কৈশু-শংদুদা. থেঙননি-ঙায় ঈরৈ লৈতবগুম মপুরোইবা হাৎপীদু হেক থেঙনরুবদু অ-দুগা তীনশীৎনঙায় ওইবা ব্রারীদু হেক তাকযদু ? মসিদী পামদবনী। পামদবা মপৈ মপৈ.— । করিগীনো স্না কোমুংগী মনাও ঈংবম অনীদুনা লায় য়েকউ কৌরগা ঐবু ঈকায়বগী রাঙমদা মথোয়গী শান্নপোৎ ওইহনখিবদু ? (ও। মথোয়দি হায়দে—"শংদ্রা শান্নরিবসি মুঙশিবনি" অদুনা চৎখী ঐ। হা-য়রম্বা থোল্লবদি ? মদুদি পামদবনি ঐ) লাকপম দারেগা বাবুনা হায়বদুদি মানা হায়—(নচেমশি বাশোক শকপী স্না-তোম্বীগী ফোতো চাওনা শীদোকউ ঈবো, খুদোল তৌগে) মদুদি য়াগনি মুঙশিবগী খুদমগী পঙথৈ অমনি হায়বা, অদুনবু ঐনা থৌরায়

য়াওনা য়েকখি ঈচেমশিদ্রু। (অদুবু ঈচেমশিদ্রু লাইনিংথৌগী মোতোর গারি থৌবদা য়ুম্বানখি। মসিদি প মদবনি ঐ।) মসিদি কপ্লিংবনী-- (রাহং পাওহং, করিস্সু ঙমদবসি।) থৌনা অস্মুক শোনখিবরা? পুন্সিদা কনা অমগী মফমদা ঈচিন-সিনা স্বপ্নগী রাহং অমত্তস্মু হঙখিদরা? কয়ারক হঙখি, কয়ারক হঙ-খি রাহং অমদগী অমা। অদুবু পাওখুম হায়বদুদি খক খংলক্তে, ঐদী। ঐনা অহিং অনি চংনা য়েকচবা কবোলোই কাবগী অয়েকপা লাইদা, করিগীনে: লুপা মখায় অমতং পীয়ুকাও য়াদবদি? য়ানদ-বদী? খংদরা অহিঙগী মমল? ঐনা কয়ারক হঙখি। পাওখুম। খক ফঙখিদে। অহানবদা ঐনা কুচু ঙোবীদা। হঙখি, হায়য়ু ভাইবংসি খংলরা পুকচেল তোলফাইনবী নংবু, মুঙশীংনা কম হুমদুনা মৌওইনবী নশমবু হুমলিবদু খংবরা? নংবু ফৌনাদা করিগী লমজাওখোনবসিনা মুমিদা রাইরমদা ফুররিবা, ফৌনানা, কায়য়ু করিগী লুরাক হাই হুমলিবা তময়াগী কোরি মশেকলক্ত? মরুপ তোমচা নং (তোমচা কেরানিদা) কম কানবগীদমক নংগী অঙম্বগী ঙাওশমপ্রবা লমহেনবা মচা অতোনবদুবু করিগী মুঙশিদনা মুঙশি হায়রিবা, কোন্দুনা করিগী পমলিবা? নংগী থমোঈ অশেং-বরনে? অস্মুক য়াম্বা, পাংথোক্লিবা ওইদবা থৌরাংগী মপৈসিবু। পাওখুম।। খক মশক খংধীদে। (খুদমশিঙসিনি) ঐ অস্মুম খক থৌনা চেন্দবা মীশক ওইখিদে। অপীকপা মুপীমচা নংত-ননী ঐবু থৌনা য়াওহন্দবা, হয়েং চাওরগা নংস্সু মুঙশিবদা চেৎনা থাজবী অমা ওইয়ু—, মদু ফৈ। মদুদা ফঙলকপা

হৱ'ওবদ্র, অপেনবদু. (মদুদি কম্না থাজদে) নীংবা কম্নবদু, ৎগোঈদা মৈচাক মৈফুম্নবদু, নমিৎতগী পি লেপ্তুনা শীম্বদু নপুন্সি মাংবদু, পুম্নমক্তু দি নংগী তাইনফম খংদবা নশরুক ওইয়ু (ঐস্থ ওইগ্রিবদুনি) অদুদগীদি ঐগুম নংস্থ পোক্ল ঙৌবী খ্বাং কোনবী শীঙতেক শীংনাং শকপী হম্বুবীদু ওইরম্নো। অদুম।

মৈচাক॥ মদুবু মৈচাক নত্তম্নবদি করি ওইহনগদবা ঐ খংদে। অহিংদুবু অহিংলা? মদুদি, মীকুপতুদা অহিংস্থ ওইখিদে, সুংখিল্সু ওইখিদে, থাস্থ থোকখিদে, মুমীৎস্থ, উদবগী পাওখুম অমত্তস্থ ফঙখিদে। (ও! থাবলনা মুশিবদুদা, করিনো! অস্থক-পদুদা, ফৈজোম অঙৌবা শেৎপা তোমচা কেরানিনা মাবু অদুক চেৎনা মথাদা কোনশিল্লম্বদুদি? তোমচানা, ঐগী মরুপ্পা ঐঙোন্দ হায়খিবদুদি? ঐনা থাজনা সুঙশিখিবদুদি? কুচু ঙৌবীসি ঐবু সুঙশিবদুদি? ঐনা চীনচুপ্পখীবদুদী? মৈতৈ নিঙথৌদা সাহেব অচৌবনা শউনমচেৎ লমশাংগী লম নিখিবদুদি? (ইস, অস্থম পাকথোরকপা অস্থম পাকথোরকপা লমগী মপৈদুদি? ঙসি ঐগী থমোঙ্গসিদি? মীৎনা উবদু মীৎনা উরে। ফৈ। অতিয়াগা মালেমগা অমত্ত ওইনা পকশনরকপগী তমথীবা শক্তমবু উরবস্থ উদবসিমুক শাফবদু করি লৈবা অতৈ?) তোমচা—ও! কুচু ও! ঙৌবী। অস্থম্ন থোকখি অদুদগীদী ঐগী লৈবাক্তু, মাগী লৈকোন্দু মুৎকে ৱাকৎনখি, কুচু মুদবা খোইমুদু, ঙম্নমক্তু ঙম্নমক ওইরম্নোই ৱাকৎলকখি। মতমদুদা ঐনা পি ঈশা খংদনা শীম্থখি শীম্থখিবদু করিস্থ মরম লৈখিদবা। করিস্থ লৈখিদা? মদুমক্তি

নৎখিদবনি। লৈকোয় মূৎথ - ক্নেমথরকপ্বু করীগী মরম লৈতবা স্নাইৈত্রা? মদুম খোকপা তারবা, মখোয়না কয়িস্ত মরম লৈহন্দবা হাপ্রবা, (অদুগুম্বা মতমদ্রদা) মদুমক্তি পামদবনি ঐ।

ঙসী ঐন ঙরমক অমত্ত ওইন খোমজন্দুনা নিংখায়প্রবা লৈঙোইগী লৈপুংথ্র মহৌশাগুম থোনগৎকে লাক্নরি ত্থৎপ্রবা মীওইবগী মরি খুদিং, মচা মচাবু লংহৌনগে ত্থেমশীংলি মসীদি ফত্তবরা? কায়প্রবা শক্তম অমুক শেমগৎচববু। ত্থৎপ্রবা মরি অমুক শমজঞ্জববু। (মসিদী, মুপীমচা পীশক, চা থক্লিবা পাংগং নখোয়না মীওইবা অশেংবা ওইরবদি, অদুগা মুংশিবীরবদি মীওইবগী অনৌবা পাও অমা পুরক্লিবনি হায়না খন্দোকপীবদুম য় রবনি) ঐ শাগৎংদু পামজৈ, শমজনবস্থ পামজৈ।

মুপীমচা, নহাক খুনসিবু, লমদমসিবু, বয়ামুক মুয় শকথংজবা ঙম্রবগে? (লৈরং মৈশা মনাক্তদা ফম্বদুনদি করিস্ত খ.বা ঙম্লোই) নত্তে —। ঐনা নংবু ঐগুম হন্নুবী ওইয়ু, থ্বাং কোল্লু, মংলান লীশীং লীশীং মরক্তদা লেল্লূ লৈকচো হায়না হায়প্রত্রা? মদুদি ঐ, হায়নিংখিদবনি ঐনা। হায়রমগদবদি লৈরংদুদগী থাপ্প চেন্দুনা, চেন্দুনা লমদমসিগী নাপীনা চোম্ন হৌরবা লমহাংসিদা নমায়বী ময়ামসিগা শাম্নক—, (কীবুল হাবিরা, শীংতেক শীংনাং খুনবিরা অমাং কৈরোইরা অমা হেক) শায়ক।

মহাক মহাক্কী পুম্লিগী হাকন্দ মীওইবনা মশানা ঈচং থৌনা হায়নৈ মীওইবা হায়বা অমমুক লৈত্রবনি। (অতুনবু শারমচৎ কয়া অসি লমচৎনরকলিবনি নং - নংগুম্বা খোমলাং খোমথায়নদ্রিবীবু

হায়গে অপীকপা অঙাং অমনা লৈরং মৈশা মনাক্তুদা তাইবংগী, মালেমগী, তীন কাং অতোল-অতানরবা কয়াগী অরাবা পোৎলুম খুদীংঙম্‌ফৈজা কোকথোং পুরবী ওইদুনা অদুক স্নকথক্ষম থোকপ্রা (হৌজিক্তী মুঙথিল ওইরক্লে, থৌরাং অমত্তস্থ লাংহৌজ্রে ঐ! তৌবমক্তি ঐগীসি মীওইবগী প্াও ওইবনিকো) মহাক হিঙলম্বা থোক্লবা। মদুম থোক্লবদি, মতৌ অস্নম, লৈরাঙনা লৈনম শম্না হেনৌজবা কুম্নগী লৈকোন অশৈশক্ত য়েঙহৈদবা থৌরাং খা নিঙথেমগী ম্রাইশা থাজন, লৈকোন লৈ নৈহন, মাংহন তাকহনবগুম, মতীক চাদ মপা ওইদ, পীক্লীবী মুপীমচা, পান্থোম রাঙনা থাঙগৎতুনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তবু কোঞ্জ হৈজত্রিবী, পীশকসিদা হোতেল পুহনবা তমথীবগী চৈরাকসি পীরমগত্রা ? ...... চৈরাক ॥ পীরমগনি নীংদে। খক পীরমগনি নীংদে।

করি ॥ মসিদী মীনম্বনী, (ঈশানা ঈশাদা মীনমজবনি, ঈথৈ অসি নীরুঙাইনী। মাম্নী, লংজ রাখনগী খোংকাপ অফৈ-বনী। মহু ময়াক শম্না চেন্দবী লৈ অমা পামলে তুক থৎপদুনী (মাগী মফমদদি) অপীকপা মুপীমচা অঙাংসিবু 'স্নম্ন চৈরাক পীবদি, করিস্থ ওইবা নত্তে। ঙম্নমরু খংনগ্রবা নত্তরা ? (হা-হা-হা অপংবা ঐ) ঙম্নমক্তগী হায় খংজনক্ষম থোকখিবা ঐদুনা অদুক পিনৌবা ওইদুনা 'করিস্থ খংদে, লৈখিবা ? মাগী অরোনবা মশাজৎ খুদীং ঈমীৎতা শং-শং উদুনস্থ করিগীনো মাগীদমক ঐগী ঈমীৎ রাখংদবদুনা হীক হীক, অদুম অদুম কপ্প, অদুম অদুম কপ্পদ্র। ............ অদুগা ঙম্নমকসি মাগী মফমদদী করিস্থবু নত্তে।

ঙম্নমক ওইথোকফমনী। অদুনা ঐনা ওইথোক্লোই খনবদী, ঙম্নমকসি খনবদী ঈশানা ঈশাদা য়েৎপীনবা লৈরোই মতৌ) চাওনা মীনমজবনী।

লমদম অসিগী তপ্প তপ্প শীৎলীবা মুঙশীৎ, হৌরিবা, পুন্সি লায়ওইরবা, ঙরাংতগী, ঙাহান্তগী উ-রাগী পাম্বী, নখোয়গা ঐগা খেন্নবদু করিনো ? ঐ খংদে। চপতুম মাগ্নৈ, উশনবা, খমোঈদা খম্বা, কনাদসু খানী-রাঙনী, সিনী-মায়নি হায়দবা! অং, নখোয়সু খাংবা ঙমত্রবদা, চোকখরবদা, ননা ননাশিংদু কণ্ডদুনা কেম্বহল্লি, অদুদগী হেন্না খমোঙ্গ ফুকপা অন্নাবগী মতৌ অমুক উনীংঙাই লৈরিব্রা ? লৈত্রবনী, খক লৈত্রবনি। ঐসু হেক হেক পি শীষ্বদনা।

অওনবা লৈ ॥ অওনবা লৈতে ॥ ফৈ, মালেম'সিগী খোংলৈ। ও। মদুদি ইনবা তাই নখোয় ঐখোয়না। লাক্লরিবা লমদম অসিগী মুপা মুপী খুজাশিংসু য়েঙউ শক্তম পুমহোং-হোঙলে মকা লাম্ব, ঈচম চম্বা মখোয়গী লশীঙগুম খোৎপা মায়খোং অদুগা পুন্সিশিংদু কদায়দা অমুক খমত্রবা ?

হোৎস্ত্রে! অদুবু ঐদি লৈরি। অদুনা ঐনা হোৎত্রবা মতম-শিংদুবু রারোবনি। মীকুপ অমত্ত থানরমদবা মতমশিংদুনা করি-গীনো ঐবু পুদুনা চৎত্রিবা ? অদু ওইরবদি করেদনা।

খংদে অসুকপা অহীংবু, পামদ-পামদা ঙসিফাওবা খোনা অরৈবমখৈ শীজম্নদুনা মীওইবশিংনা তাইবঙদগী মুৎখৎপা লৈতনা অসুম থাগোন-থাজেৎনদুনা লৈরিবসি ? মীওইববু কম্নামুক মখোনা লৈতবা কাংবুনো ?

মীওইববু ? ( ৱাহংসিন্থ হঙবশাই ।) ঈশাবু কমদৌরিবগে ? তোমচা কেরানিনা তাইবং পূম্বা, অমম অঙান তু'ব, খা-ৱাঙ চিঙবা, মশক ঙম্মমক য়েখায় থুগায়রে খংন-খংনা, ওজ্জবা থৌরাঙ কয়াদুগী মায়ওরদুনা পিনৌবা ঐনা কৰিবু পাংথোক-পাংঙমখিবগে ? খোঙ খুৎ পুল্লবা কৈস্থম চৈরাক্লরবা তুশোঞ্জবদুগুম ঐনা খা চীকখিবদুতনি, থমোঙ্গ লাইমন ওইখিদুতনি। 'ই ! মকপ্পবু মকপ্পবু' অস্থম খন্দূনা মচু তৈনি তৈরোয় খংজ্রবা মূকচৈ মচাদুনা কৈদগীনো খোরী লাই খরখতং য়েকখিবদুতনী ( অদুস্ত ঈখুৎনা পেম্মা পায়জজ্রিঙৈ, ঈমীৎনা পেম্মা য়েঙজজ্রিঙৈ খংহৌদনা চাওরকপা অদুঙৈ কুমগী নোঙজুগী ঈশীং ঈচাওদুদা ও: ঙম্মমক পৎতুনা মাংপ্রে। ( মহৌশা লাইরেম্বীমক য়াওই ঐবু মায়থীহনবদুদা । য়াওদে । য়াওবা য়াওদবা খংদে । মথোয়না খংহন্দে ঐবু । মসিনা কৈ। য়াওই। অদুগা য়াওদে।) কপখিবদুতনি, করি করিস্থ মায়ওক্লনা পাংঙমখিদবনী।

( কদায় নঙবু মতমদুদা ঐগী অরোনবা পাও পুবিরম্বা অমুচো হায়বদু ( মানখরে, মানখরে, ওইদবা হৌনহৈদে। অদুবু ) নত্তরা ? ( হা—হা—হা ) হোটেলসিদা, থাপ্প লাক্লগা ঙসী হন্নুবা ওইদুনা ঐনা ফমলরি হায়বসি কন। অমত্তনস্থ থৌশানদ্রে। কৈদগী। খংবু খংলমলোই। সুপীমচা অসিমুক চাওখি, অস্থম মূদংনখি, অস্থম মীৎন নোকপী ওইখি, ঐনা মহাকপু হেক হেক ঈথাদা চেৎনা কোনখি, খুনগং সীদবু ওংলমগদ্রা হন্নুবীবু ওইরমগদ্রা ? ( খংব নত্রে) সুপীমচা অমা লৈরম্মী, সুপামচা

অমা লৈরম্মী, মৌ নহা অমা লৈরম্মী, হুই অমা খুনসিদা লৈরম্মী,— ও। খংলে, 'লৈরম্মী' ডাক্ত ওইহুনা নাথৈখরে খুাংদ-মকতু। মরী ডম্নমক তৎনপ্রে।)

করিস্থ পাংথোকপা ডমখিদবনি। মালেম, মুমীৎ, থা, থরানমীচাক, (শকউবস্থ শকউদবস্থ) মথোয়মুক চান্নববু কৈদ'মুক লৈবগে? লৈতে। লৈওন কয়াদা মালেমসি শক্তম কয়ারক, হোঙপ্রবা, অদুবু, অদুবু মথোয়দী অহোংবা শক্তম্ন থক লৈনি মরী তৎনহনবদু। চক কম্না মথোয়গী থোংচৎ, কোয়ন-কোয়না, অস্তম কোয়না-কোয়ন। লৈনরী। অস্তক চেকশন-চানশন থম্মরক্রবা চকশীং কয়াগী মরীসিফাওবা ডহান কায়গে তৌখী, মালেম থক থক নীকখী, অতিয়া, পুমমম মমখি থরানমীচাক কাংবু'ম মতম চাদনা লঙলকখি অতিয়াদা, থোংচৎ কায়নগে তৌখি। অদুদি কবু কমনপ্রে ঐবু শক খংবীদবদী ঐনস্থ মথোয়বু—, খংদবসিদী?

পুন্সীগী মরমচৎ'মুড চেন্ন-পক্ল থোকপ্রবা থৌরাং কয়াগী রারীবু ঈশীৎ-ঈকুমনুঙৈ হকচাংদা পকলকপা লৈনাং অচোৎপগুম হেক চামথোক কোকথোক মাংহন্নবসিবু, তাইবং-মালেম তুবসিদা করম্বা থৌনা লৈবা লৈমাবা মহাকথক্তগী চৎনপ্রিবনো? অদুগা ঐনা, লৈওন লোলগী রারী, নিঙথৌ লৈঙাকলোলগী রারী থক পাদবগুম কৈদবু খংহোদবনো? ঐনা ডমদবা॥ ডসী লাক্লীবা॥

চংলী লাকই। অদুবু ঐবু কৌনবদী লায়রদুনা মখোয় কনা অমত্তনা কনা অমদা হয় ফাওবা য়েঙনদ্রে। খুন অসি, লমদম অসি, লমচৎ শাজৎ অসি, করিনো, ঙম্নমকসি পুমহোং-কোঙলে। হোঙলিবনা করি হোঙলিবনা করি। ঐনবু করি খংদুনা? মীৎনা উরিবসিদী করিস্থ উদবদুনি, (মীৎপু মরা লৌনঙায় লৈত্রা? মানা ঐবু, ঐদবু নত্তে মীওইববু ওৎ-নৈখিবনী) ফজবনী হায়থী মানা নোঙমা, অদুগা মীওইবনা হরাওজথী, খংহোদে থীরবনী হায় মানা অদুদগীদী মীওইন অদুম্মক য়েৎচবা ঙমদনা সুকথনখি। (অশংবনী, অমুবনী, 'করিস্ত কাম্নহৈবা নত্তে) মহাক পল্লুবদগী ঐগী পুন্সী কৈদনো মফম খংদনা চৎখীবনী, মহাক পানলুবদগী শং শং উথিবনী—, মীৎ মচা শাক্ককপীদুন খোঙ্গৈথুম্নবা চীনবানগী শাফু ফংবদা থরতং শেপ-তরুখিবদু, মা পানবদগী, মীওইবগী হৈ শিংলবা শেম শারবা লমচৎশিঙদু ঐনা উথিবনী. অদুদগী মীরোল কয়াগী থাজবদু ঐনা শীন্নরুবনী (করিস্থ কাম্নখিদবদু)

পাখঙ অসি শেন পীরম্নগা মশা অসিদা, করিগুম্বা চীংথ নাম্বহৌবা অমত্ত য়াওদ-লৈত্তবগুম কয়াদা মশা য়াঙনা, য়েংউ কম্মীমরম্বদগী হোত্তেল অপীকপসিদগী চৎথ্রীবসি। ঐস্থ মসি পাম্বনী। অত্তবু ঐদি করিস্থ পাংথোকপা ঙমদে। পাখং অসিদস্থ করিনো বাহৈ অম'নীদস্থ ঙাংহৌদে মানস্থ ঙাংলমদে। মী-ওইবশিঙনা অস্থম মরী ককথৎনবসিদী ঐদী ঙসীদা খংলী।

মীওইবা অমা ঐনা সুঙশিরুই। অদুদগীদী ঈত্তোমত্তা তাহৌই মীওইবশিঙ অমত্ত ওইথী। ঐদী। ঐস্থ মীওইবনী। (মখোয়না

হায়বনী, পীবীবনী ঈমীংগী মিঙথোল, সিমস্থ। অদুগা ঐবু মীওইবস্থ ওইহন্দে। মখোয়দা থমল্লবা ঐগী লৈজবা থাজবশিঙ মখোয়না শিঙকুপ শানা কৈদনো মাংহনখি। ঐবু থাপ্প ঈষ্টোকই, ঐঙোন্দ পীরবা মিঙথোল, মিঙচৎ ঈকায় খুম্নবা, ও। কৈদনো মাংখয়ে হায়। তোমচা কেরানী (ঐগী চাঙ্গথ্রবা মকপ্পী হায়রগা) গা কৈদবু খেম্নবা ?

ঐ হনখিগদবনী। চহী কুন্থ্রাগী মতুং, ঐ লাকলম্মী (হম্নুরবস্থ) মীওইবা অমা ওইনা, অসি ফ'ওবদংদী মাগী মফমদা থংহন্নীঙই। (চৎখিবদি শোয়দ্রবনী) মসিদী, স্নুঙশিবীরবদী মীওইবগী মাং-থ্রবা শক্তমবু পূরকপা পাওনী খনবীরবফ'ও য়ারবনী। অখাবা অয়াকপা য়েক্লবা, স্নুঙশিনবা, উনবা, কায়নবা, ওম্নমক অমত্ত ওইনা পূনশম্নরকখিবদুদগী, তাইবং অসিগী মহাও অশেংবদু কৈদনো মাংহনথ্রবনী, খায়দোকপা খক ওমখিদবা। অদুবু মখোয়দী মহাও খংবগুম মমীৎ-মনা কয়াদা তরং তরংথ্রবা।

লমদম অসিদা মৈথু চেন্দবা হরাগারী লাক্লনী, মদুদা তোঙডুনা ঈয়ুম মায়কৈ পাওথ্রগনী। ঈয়ুমদা করি লৈরমগনী ? ওমনমক লৈরমগনী ! লৈরমগদোরিবা মখোয়স্থ মীওইবনী (করিনো পাংথোকউ থৌরাং অমত্তদী হে ঐ) মীওইবদী মী-ওইবা ঙাক্তনী, মাংখিবগী রানী। থৌরাং অমদী পাংথোক্লম্নগা হন্নীংই। পাখংডুগা রারী রাতায়নহৌডুনা করিনো থৌরাং অমত্তস্থ লাংনবা হোৎনহৌদরে। (অস্থম্ন অদুম হৌখীবা ঙাক্তনী)

কনানো অমত্তং— অমতংনা কয়া কুইবা মতমনো ঈমাংসিদা লেপতুনা. মীৎ স্নক্তোকতুনা য়েঙলমলগা "ওঝা লাই য়েকপা ( মতমদুদা লমদম 'সিগী অহল, নুপী, অঙাং খুদীংমক ঐবু অস্নুম কৌনখিবনী ) ( কপকনবত্ন, করিত্নু--অমা হেক্ত হায়ত্নুনা ) নত্তরা ?" অমুক্তং হঙলরবদী অরোম্বা, শেম-শারবা মতমসিদা ঙন্নমক ওইথোকপা য়ারবনী। চৎলিবা অঙাং, ঈবুংঙো পাখং, শান্নরিবশা নখোয় অমনা কৌরকউ "ঈপু" স্নপ্নগী অমুক্তং নশক খঙই খঙদে হায়বগী করিস্নু লৈহন্দনা ঐ হুজিক্তী খুমলগদৌবনী অদুদগীদি ঈনাক্ত কৌশিনগনী ব্না অম অনিদং শাবা হৌগনি ঐনা অয়াওবা ( পঙয়ামদি য়ামদে ) শেন ঙন্নমক শীজয়ত্নুনা চা বোরা কৌগনি. ব্নারি মতাং চাত্রিফাওবা ঈনাকসিদা ন.না ( নং হায়বদি নংস্নু ওইবা য়াই নংস্নু ওইবা ঐবু কৌ৯কপা অমা হেকনী ) ব্নারিনা মতাং চাদ্রিফাওবা ফম্বীনবা। ফম্বীদনা। ফম্বীদনা চৎখিবা য়াদে, ( চৎখিবা থোক্রবদি ) মত্নুদি, চৎখিবত্নুদি ঐগী ঈচিন কাখৎহৌদবনি, থমোঈগী লাইয়ুম হাঙদোকহৌদবনি, লকাগী লকান্নুংগী য়ুখল হায়দোকহৌদবনি, ঈমীৎ পাংহৌদবনি, মংলাক্ররিঙৈ মীকপ থোকহৌদবনি, তুমখুন তাল্লিঙৈ য়ুমথুংলম্বনা নংহৌদনা চৎখিবত্নুনি, — করি তোঙজবা ঐগীদি ? চৎখিবদি য়াদে। চৎখিবত্নদগী, লোইশনহৌদবা নীংশীং ফুরা চুং-কিরান্দবা কোংগায় কোংগায়সি খীনলয়গা অত্নুম, পুন্সিগা কায়নবা হায়বত্নু ওইখিবনি তাইবং মালেম তুবসিগা। চৎখিবদি য়াদে (অত্নু ু .য় চৎখি, হৌপ্রবা ব্নারিশীঙ চৎখি, মুঙশিবা মীথয়েং কয়া স্নক্রবা

পীস্লমগী তেনগা হেনগা কয়াহুনা কোয়শিন কোয়শিন্দুনা চৎখি, মী-নোক কয়া নাকচেক নাকচেক্লক্তনা চৎখি, মীওইবগী থাজবগী ৱাঙমগী ৱাঙমদা, ৱাঙমগী ৱাঙমদা অদুম চৎখি চেৎপ্রবা গ্রাশক কয়া মুংপাক মুংলেপ্পপ্রবা শরী কোংগার কয়া কয়ানো ‥ চৎখি। কয়া কয়া অস্নুম চৎখি অস্নুম চৎখিবদগী লোই‥দবা মওং নাইদবা চুং-ফিরান্দবা নীংশীং ফুরা মপৈ শাগৎ খিনগৎলম্লগা মংলান্দ তিনখো পাওতাক পীরম্হু।—চৎখিবা য়াদে।

অদুবু মখোয় কনা অমত্তসু চংলক্তে, করিনো ফকলাংদা প‥ চৎপা ককচেং পরেং ফাওবনা মচীন মচীন থে‥নহুনত্তা ওইরবসু লম্বী লনখাংদা কৌন ঙাংনরিবা তাইব-সীদা লমসিগী মীওইশিঙসিনা চীনগ-চীনগদী তরাইথোক ফীজ্জী-ফীনাৎকী শাহুম, অমগী শাহুম অমগী শাহুম, ফাওবা ফঙননদনা হয় ফাওবা য়েঙনদবা কৌনদবা, মরী পুম্বা ককথৎনবসিদি, (থাজদ্রে। থাজদ্রে থাজদ্রে। মত্তৌসিদা কনানো অমা লাক্‌না ঐবু শক থই কৌরবদি) মসিদি চৎখিবত্নুনী। মাম্নী। লৈ কেনখিবত্নুনি—। লৈহৌনা কমখিবনী, ঈশীংনা ঈনিল ওনখিবহুনি, লৈচীলনা কায়-খিবহুনি, তোমচা কেরানিনা অঙৌবা ফৈজোম শেৎখিবহুনি, অঙৌবা ফৈজোমহুনা অমম্বা অহীংহুদা পশোৎনখিবহুনী, থাজবা খুদীংগী ৱাঙ-মদা কুচু ‥ৌবীনা লাংখিবা থৌরাং কয়াহুনি।····মসিদি চৎখিবহুনি।

ঙম্নমক্ল ঙম্নমক ওইহুনা মীয়োল কয়া লৈহৌগনি হায় অ-দুবু তংলবা নীওঈবগী মরীদী শমজন তাই‥নগদবগী থৌরাং অমত্তনু লাংনজে। কুইরবগী তুঙ ৱারি কয়াহু মচী কাংলক্লি

"চৎখিবা হায়বত্তুগী মায়ওক্ত, অদুনা শক খংনবীত্রবা মীওইবশিঙগী লমদমসিদা ঙসি ; ঐ লাক্লমমী ( কমবু কমলি )" হায়বসিভং মাগী ( শিরমদব  লবদি ) মকমদা তাহনবত্তুদি য়াম্না কৈ । কৈ হায়না খল্লি ।...... অত্তবু কনানো খোজেল অমত্তনস্ত ঐবু কৌ-দুনা তৎপ্রবা মরী শমজমবা স্থপ্নগী লংজা অমত্তস্থ পীরত্রো খৌ-রাং....... । খৌরাং অমওস্থ লাংহৌত্রে । মসিদী চৎখিবত্তুনি । চৎ-খিবা হায়বসি কৈদগী মপুং কাবা শক্তম ওইগনি— ( হায়দোক্লি চেনাসি )

এপ্রিল — ২২

ঈরালনি লমচৎসি ঈরালনি

( মীওইবা ওইনা পোক্লববু ...... । মত্তুদি খাইদগী কত্তবা ই-রালনি ) ঐঃ— করিগীনো অশোক হায়বত্তুনা নিংথৌ ওইক-রিবত্ত ! কলিংগদঙ মাঙবদা অত্তুক পিনৌবা ঙম্না কপচেৎ ( খংদে ) ( খংদে তশেঙবমক খুংদবত্তুনি খৌরাং কম্নাত্তুদা, অ-, ঈপিতানা রাকৎখি—তৎপ্রবা মরিত্তুগীদমক ঐনা রাক্লই— ! তৎ-খিবা মাংখিবা, শক্তম কম্না থুগায় য়ৈথায়বা হৌনশানি খঙন-খঙনা ) ।

অশোকঃ— ঐ নিংথৌস্থ ওইত্তিবী অর্হিপা রালস্থ তৌরোই

ঐঃ— অত্তুদি কায়নরসি কৈকি নোঙরি সৈমোবা

অশোকঃ— কায়নরসি ।

( ঙসিদি কায়নরসি হায়না হায়ত্তুগী খৌনা কাওবা লৈ-শল্লকত্রবা । )

লৈত্রবা ॥



পাও অমতংদি, মীওইবগী পাও অমতংদি পীরকলি, অদুম খল্ল্, ঐগী নত্তে, মাগী নত্তে, লৈনখিবা মরী, হৌত্রবা পুন্সি, অসুক মমল নাইহন্দবা ॥ মদুদি পামদবনি ঐ।

"হুজীক মঙালদসু অসুকপদসু
অতিয়াদসু অদুগা মালেমদসু ওয়মক্তসু
তাইবং মীওইবগী মরী অমুক শমজনবা
য়াদনা তৎলবনী নং হল্লো"
(মসীদী তাবা পামজদবনী ঐদী)

(অশোকঃ— কায়নরসি) (৩।)

অসুম থোক্লরে—; পাও অমদুসু তমলমদনা ঐহাক চৎখীবা তারে অদুগা ওয়মকসিনা ওয়মকসি ওইদুনা লৈহৌবা তাই।
সু অমুক অঙানবদসু।

লোইরবা